# লাওখোঈনাথি

লৈরিবা অতিয়া, মালেম, থা থবান-মীচাক, অহুগা অমম অমমুং অঙানবা, ভয়ঙ্কর খুমনী অপুনবা খুংপু অমতম ওইহুনম্বু মহাক্তী কীরেপ হোঙবা লৈরম্মি, কদোম্বু অমুক হোঙগ-দবা লৈরে। অসিমতম্মা থবাম পান্দবা মথোম (মকম, মতম, খুদোং কবা, অহুগা, অসি খুদোংমক) খুদিংমকপী মাঙ্গতোম তাবা। মহুমক ওইহুনা লৈ ভোরবহুনা।

লৈ শাংগা অহুগা লৈনমমলক্‌লা অমুক চীংজাও লারকতে খোইমু শঙঙমা শাথপ ভোগইরকপা, অরাম খোমাঙবা পুজি অমমুং মায়থীবা, লাওপোঙ্গী চনথবা মীওইবশিংগী খোনা চেন্নবা খোমাঙশিং—মহৃদি রেঙহৈবা মত্তে, মীংতাং-মীংমমকবমা শরুক লৌশীং লৌশং, লৌশীং হেনথবমী শাকবা। অহু অশাংগা লৈম লৈমন চনবী, মীওইবনা খোমাং কমা লাংমরকই অম্রুম অম্রুম, মরাই চেন্দবগী খোমাং, মীংমা কায়বগী খোমাং, মীংদু শিয়াং শিথুরতে রেঙহৈদবা খোমাং, খোমাং মপৈ, মহাক হায়, ঙসী লাংমমী কজি-। মসিমতম্মা মাগী খোনাগী খোনা ওইরকতে অমুক মীংহমবা শকথংদ অকনবা লাল শোকহুনা লৈ মকম মতম অমদী খুদোং কমা (থবাম পান্দবশিংসিগা) কমা কমাগা। লালঙম কীমাল। মহুদী মহাক্তী মীংথরেংগী মীংথরেংদা, মংলানগী মংলানদা পাইগদব। থক উত্রবদি।

কোংদোকচবা :—

শ্রীপুখ্রম্বম রাজেন্দ্র সিংহ
রাজেন প্রেসেস
হোসপীতাল রোড থাঙ্গাল বজার,
ইম্ফাল, মনিপুর।




নমক্ষম :— ডি, সেভেন ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল
মখুম:— জয় শগোলবন্দ, শাবাঃ— মীতম শং প্রোসেস
১বা কোডবা ১৯৭৫ মশীং ১০০০, মমল পুপা ৩/—
ওয়বক— পাচা [১৯৭৫]

## বাহৈ থর

ঐগী 'লাওগোঈনাঈ' কৌবা অতেনবা শক্তমলাংবা লাইরিক মচ অসি অমুক অনৌরক ফম্বাক থক্ত শান্নগ্রবস্থ মতম কুইনা, অস্বা লাইরিক ওইনা ফোংদোক্তুনা লৈবাক মীয়াম, মরুপ মপাং অদি ঈচীন-ঈনাও ভম্নমক্কী খুংঙা লাম্হোকচবা ডমদনা লৈজরকই। অবু ঐগী ঈনাও শ্রীপুগ্রশ্বম ব্রজেন্দ্র সিংহনা লাইরিক্কী ফজবা ফজদবা থিবীদনা ঐগী ঈতেং পাংবীদুনা চহী অসিদা ঐগী লাইরিক 'সি ফোংদোকপীরে। মসিদা মনিপুর ষ্টেট কালা একাদমীনা 'শলগী মতেং পীবীদুনা অমুক হেন্না তেংবাং-থোজান পীনবীরে। :সিগীদমক মনিপুর কালা একাদমী অমসুং ঐগী লাইরিক ফোংদোকপীরিবা ঐগী ঈনাও শ্রীপুগ্রমবম ব্রজেন্দ্র সিংহগী মফমদা অইবা অমা ওইনা পুন্সিগী শিংঙম্নরোইদবা লমন তোঞ্জরে।

ময়ামগী

ভাং ২৯।৫।৭৫
ইম্ফাল

এল: পাচা মীতৈ
থোদা ভাবুক লৈকাই, ইম্ফাল

## কচ্চবা

ঐগী ঈপা ঈবুংঙো, লোইতোংবম মধুমঙ্গোল,
অপোকপা, ঈপা ঈবুংঙোগী কাওচমদ্রবা মিঙলেনগী
ঈপাক্তু, নীংশীং লৈরাঙ লৈকং'গুম
তোল্লবা নচা ঐনা কংচরি ঐগী লাইরীক
"লাঙগোঈনাঈ"

এল, পাচা মীতৈ
তাং ২৯। ৫। ৭৫
ইম্ফাল

## লমচৎ-মীওইশিং

১। প্রোফেসার

২। অরেম্ব মুপা ( চহী, ইয়া-য়াই )

৩। অরেম্বী মুপী ( চহী, ইয়া-য়াই )

মফম:— শান্নবগী মথা পোনগনী।

মতম:— শান্নবগী মথা পোনগনী।

## উৎপা হৌবা

ইমম মমই। খোঞ্জেল অমত্তা খোক্তে। অহানবা মৈঙালনা কাপলকই, সুগ্নগী মওং কায়না চাওরবা ( চাওরাক্লা ফুট ৩ × ২ মুক পাক চাওবা ) ঘড়ী অমদা রৈ। পুংশিং-মক চপ-চানা 0 দা খিন্দুনা লৈ। পুংশিংগী মচৈ লেংবা হৌই।

— খোঞ্জেল—

"আ ................হা..................অহ..... ......"

খোঞ্জেল হেক থোরকপদা অনিশুবা মৈঙাল কাপলকই। পাক-চাওরবা মিরাঙগী মহুম অমদা রৈ। মিরাঙ মকোন্দা, য়েঙনিংদব-মথৈ মশক থীরবা মায় অমা মমিং তরং তরং পাংহুনা লৈ। তরংদা য়েংই। ব্রা অমত্তা ঙাংদে। মতম কুইরবগী তুং ব্রা কয়া মরুম ঙাংগ্রবগী মতুংদা ঙাংলকপগুম মখা তারকই তপ্না—

—অতুদগীদি (ঙাংকা ভোকই)—অতুদগীদি ( নীংঙমদনা ) তৌরিব-সিনিদো কনানা থংবা। কনানা থংবা। কৈগুম খোংবা— (মঙক্ কোয়ৈল লৈ খোংউরা? ঙওউরা কৈগুম্না ঙওগনি - ( কৈগুম ঙংই ) আউম-উং-আউম ( মতোমতা নোকচৈ শিথ-শিথ নোকচৈ) মফম্ মতম্ অমত্তুং থৌদোক রাথোকশিংনা থরায়পানবশিঙদগী শরুকী মায়কৈদা মশীং লাকঙমদনা থৌনা লেকা হেল্লবা। চুম্মী-চুম্মী মখোয়না য়ানবা চৎপা তারে হুজিক। মখোয়না পেন্নবা। আঃ আঃ খোংউরা ভবাগুম্না খোংউরা? মত্তুম্ চপ-চানা হৈ, ও ( খোংই ) তা—আ—ম…তাম · তাম ।(রাথরকই) কালে, ঐ লাক্লে, মতম-থরায় পান্দে, মশক নাইদে, মতমবু কনানা শকথেং মায়থেংনবা ঙমগ্রবগে? মফম—অকরুবা মফম কনানা পীঙমই, মফমবু থরায় পানিব্রা? পান্দে, পান্দে, পাল্লবদী (মতোমতা) পানথং খোয়বদি-ঃকদো লৈহৌই? করি তৌহুনা লৈহৌই মক কোকথিঙে নাগাসাকী, অত্তুগা উং ওনগ্রবা হিরোসিমা? ঐ রামিংদে মফম পান্দে মাগী থরায় পান্দে। মফম মতম অত্তুগা থৌদোক রাথোক মখোয়গী থরায় পান্দে মখোয়গী থরায় পান্দে। থরায় পান্দবশিংগী মথা পোন্দুনা থরায় পানবশিঙ হিঙবা তারবা? করিগী মতু ওইথোকফম থোকনি। (হস্থে) অত্তবু মায়থীবদি মায়থীনরে। ওঃ · ওঃ ·· ,খংহৌদনা) মচিন তুমলে। (য়েংবদা অকিবা ফ'লে ) থম্মোইসিদা তাশোন্না থীল্লরে। থরায় পান্দবা, পান্দবশিঙনা থরায় পানবশিঙদা—।

ঐঙোন্দা ঐঙোন্দা তাশোগনা থিরকে। মচিন তুম -(তিন কওই)
মঙুদি শারু কৈদা থির—। ঐঙোন্দা-। ঐঙোন্দা থিনগনু-থিনগনু।
থিরে- অয়ো ....। আঃ

( চক অকথে। থোঙেন হেক লেপথিবগা পুংশিং চৈ অমপী মপানা চপ লেপই) (অহুম শুবা মৈঙাল কাপলকই। তাইবংপানবগী মমুংদা মপা লক্তনা কেনা শেৎ-চারবা রাং চাওরা মন্তিক মথোননা লৈবা মুপা অমা লৈ। হুঙলকই—)

মুপা

হুজিক পুং করা তাথরে।

(মরিশুবা মৈঙাল কাপলকই, তাইবংপানবগী খাইদগী অকে অমোদা মপা লৈরবী মুপী অমদা লৈ)

মুপী

হুজিক অমা তারে।

( অনিমক মকে শেরে)

প্রোফেসার

ঐ শিরগে (রানা) মমুম ময়াবা লৈতে। কনানা য়াদে? মখোইনা য়াদে। মখোইনা, মমিং তরা পানবা মফমনা মখোং ১০৮ পানবা মতমনা, মরমচং নাইদবা থোদোকনা রাশক চেস্তবী রাথোকপা, মতমনা, মফমনা,

থৌদোক্লা, ব্লাথোক্লা। কনানা ওইগনি—কনানা ওইগনি। মথোইনা ঐবু অমুয়া লায়ে, কৈশুমশং অসিদা থমলি, ঐবু কনানা উরি? তুমিং, কাং-হঙোই, ককুচেং, লৈচিন, নোঙকাই মুংচুম, লৌনিংবা শকুমদা, উনিংবা পোংশকী মওংদা লৌ, উ, ঐতদি উবীরু। কনানা উই ঐবু। উব্রা? উব্রা? উব্রা? উরবদি ঐ অসে য়েঙবা মুংঙাইব্রা? পোংশক ওইরিব্রা? অদু ওইরবদি করিগী নোক্কে, য়েঙবদা থমোঙ্গ কায়ব্রা, কায়ব্রা, কায়ব্রা? কাঙ্গরবদি করিগী কপ্পে, থমোঙ্গ শোক্লা ও খোঙনা করিগী কপ্পদে—। করিগী (ব্লাথরকই শাওগংলকই) করিগী নোক্কে, করিগী কপ্পে; কপ্পে, নোক্কে করিগী, করিগী কপ্পে করিগী নোক্কে (কপথংলকই)।

মুপী

পুং কয়া তারবা—?

মুপা

অনি-(ব্লাখল থম্বরুরগা) সিবিলাইজেসন

মুপী

(মরক থংলী কপ্লিবতু তাবিদে) আই এম দি সিবিলাইজেসন

মুপা

নো, আই এমদি সিবিলাইজেসন

মুপী

কমপ্রোমাইজিং

মুপা

(শাওনা) হ্বাট কমপ্রোমাইজিং !! হ্বাট—?

মুপী

(খওইদনা মরক থংলি) অহুক শাওখিগনু—।

মুপা

শাওদে, শাওরোই—।

মুপী

নং ঐতনি। ঐখোয় অনিগী ইথা পোনবা ওাক্তনি, নং ঐ খংনরগা অচুম অরানগী রায়েল চৈয়াক পীরগদবচু কনানো?

মুপা

চুমই—নং চুমই—। কনা লৈ রায়েনবা ওমগদবা নং ঐ খংনরগা? লৈতে। কনামু লৈতে—।

মুপী

ঐনা খামদবা য়াদে—(মতোমত)

মুপা

(লোইড্রিঙৈদা শাওনা) নং ঐ খংনবদা নংনা খামগনি (শিথনা নোকই, শিথ শিথনা) হাঃ হাঃ হাঃ (নোক্না নোক্না) খিক্তং থাগংলুবা য়াদে নং মুপীনি হায়বা কাওই। নং ঐবু কন্ট্রোল তৌবা ওমগনি (নোকই)!!

মুপী

নংনা খামদবা য়াদে।

মুপা

(নোকপা খঃতোক তোক্নুনা) চুম্মী (পোংথোরকই) ঐনা কন্ট্রোল তৌগদবনি।

ন্নুপী

(তেমশিংননা) হুজিক ঐবু কন্ট্রোল তৌ (শেম শাই)

ন্নুপা

শ্যুর (পাম্বোম্ন ত্তিংই) পাঙ্গলদা (শুকতোকই) মিংয়েংদা, লাওখোংবদা, তূমিন্না লৈবদা, হন্না-হন্না উরু-উরু লৈহনস্নু কোক ঙাওবিদবদা হায়বদি এষ্ট্রোনাউটকী কোক্কী থৌনাদা পুন্নমক্তা ঐনা হেনগদবনি। নং ঐগী মন্নক্তদি ঐনা মন্নম খুদিংমক কন্ট্রোল তৌগদবনি।

ন্নুপী

(হৌরকই) হে, ইউ ড্রাওন্নি পার্সন

ন্নুপা

(খংশাও শাওই) কন্নি কন্নি—ঐবুরা?

ন্নুপী

মান্নি— নংবুনি।

ন্নুপা

(থমথেংনা শাওনা খোং থিন্দুনা) কন্নি।

ন্নুপী

(মন্নম লৈতনা নোকই) হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ

ন্নুপা

ইউ (নোকপা তোক্কে) মন্নি ঐগী ওর্ডরনি-তুমিন লৈন্নু (তোক্কে) সেট অপ, ষ্টুপিড, (তোক্কে) বাষ্টর্ড, মফম মন্নাং থংদবী (খোং থিন্নি) সাইলেন্স, সাইলেন্স, সাইলেন্স।

লাঙগোইলনাবী

ঘুপী

ইয়োর ওর্ডর ( নোকপদি তোক্তে ) নংগী ওর্ডর হাঃ হাঃ (ঘুপা শাওৎনা মৈ হৌই, মথুৎ মশা থেক্‌না খাংই) নংগী ওর্ডর—হে, ইউ ম্যামম্যাল।

ঘুপা

(মমিৎ লংখৎলি) ম্যামম্যাল?

ঘুপী

ইউ মংকি।

ঘুপা

মংকি ঐবু ?

ঘুপী

এপস—হাঃ·· হাঃ···হাঃ

ঘুপা

এপস– (থোং থাংজিনগে তৌই শাওনা মথা তাগদুনু, রাখল চেন্দবা ঘুপী। রা ভাংগদুনু নং।

ঘুপী

(নোকই) সব-ম্যান···হাঃ · হাঃ···হাঃ

ঘুপা

(তৌকম খংদনা শাওই) সব-ম্যান (ঘুংশা ফুইনা হোল্লি) ঐবু সব-ম্যান, সব-ম্যান মিংশেন, মিংশেন (ফুরিংখাওদগী মিংশেন মচা অমা লৌথোকই, হাখ্‌ হাখ্‌ য়েংই মচেং মচেং) ঐগী নাতোন (নাতোন্দা পায়) চপ চাই, মীৎ-মীৎ-খুদে-লাওনে (খিগৎলি) য়া—য়ারি–লৈ (ভিংথোকই) য়াওরি (মিংশেন নাকন্দা

থমই) না-না য়াওরি, চাওদে-পিরুজে, খোং-খুং, পুক (মিংশেন মচা অহু কোইথাং থাংই) শুরে অমত্তা য়াত্নে, অহুগা ঐবু ম্যামম্যাল মংকি, এপস, সব-ম্যান (মিংশেন কোনশল্লী) মিংশেন মং অচুম্বা ওইয়ু। নঙোন্দা তারিবা পূম্নমক অশেংবনি করম্বা মতমদা মিংশেন নংনা লান্না পাওদম্বা য়াওব্রবগে? য়াওখিদ্রি। মশক থীবা নংগী নফমদা থী অহুমক, ফজবা, নংগী নফমদা ফজ্রে অহুমক মমায় চাম্বা চাম্মী অহুমক—অহুমক শোয়দবনি। (শাওগংলকই) ইউ, ইউ।

**সুপী**

হাঃ.........হাঃ........হাঃ.........হাঃ.........হাঃ

ম্যামম্যাল হাঃ...হাঃ...মংকি হাঃ...হাঃ এপস, সব-ম্যান

**সুপা**

(রাখল তারকপগুম) হাঃ হাঃ ইউ ম্যামম্যাল হাঃ হাঃ......
.. ইউ মংকি, এপস, সব-ম্যান।

**সুপা+সুপী**

(ওনশম্নদুনা) ম্যামম্যাল, মংকি এপস, সব-ম্যান হাঃ হাঃ ..

প্রোফেসার

( মখোয়গী মরক্তা ) ( শিথ, শিথ নোকই )

হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ .................................

( অহুমমক অকিবা ঋংনা নোকমিন্নৈ )

হাঃ—হাঃ—হাঃ—হাঃ —হাঃ .................................

**ঈচীক চীকই**

ময়ুপা

(পুমডোপ তোপ্পা শককয়দা)

ছজিক পুং কয়া তারে ?

ময়ুপী

ছজিক পুং অহুম তারে।

ময়ুপী

ঐ ওমদে নংবু কন্ট্রোল তৌবা

ময়ুপা

(তপ্পা) ঐনা ওমদে নংবু কন্ট্রোল তৌবা ঐ য়ারে।

ময়ুপী

য়েৎনবা লৈত্রে। য়ামরে ছজিক ?

ময়ুপা

য়েস, কমপ্রোমাইজিং

ময়ুপী

আই এম দি সিবিলাইজেসন য়ারে (হয়াওই)

ময়ুপা

আই এম দি সিবিলাইজেসন—য়ারে (হয়াওই)

ময়ুপী

ছজিক করি তৌবা তাই (রাখল খৎছে)

ময়ুপা

ঐখোয়গী ইথৌ (রাখল খৎছে) লেপ্পা য়াদে অমা নত্তরগা অমা। মথক্কগী মখাদা ওন্থবা, মখাদগী মথক্তা ওনথৎপা, শাগৎপা

মচেৎ-মচেৎ, মচেৎ, মচেৎ থুগাইবা, অহৌবা অমা নাইবা মচু-দগী—মচুদগী অরোইবদা, অমুক অরোইবদগী ঙসাইগী অহৌবদুদা অনুম তৌনা।

নুপী

মচু মথন মথন তৈশন্দুনা মখোয়বু মীৎ থকহনবা—হয়াওহনবা, নুংঙাইহনবা

নুপা

মচুশিংদু অমুক অমত্তদা তিনশনহন্দুনা মাংহনবা, পুমমাং মাংহনবা

নুপী

মখোয়বু সনা তাংবন্দা থাংগৎতুনা নুংঙাইনা ফমহনা পুন্সি লেলহনবা

নুপা

মখোয়বু সনা তাংনন্দগী—অপুম অমাই মরক্তা চিঙথহনা লুথাক পিজহনা থগা

নুপী

অফবা ঙাক্তা মখোয়গী শিনবিবা

নুপা

ফত্তবা ঙাক্তা মখোয়গী শিনবিবা

নুপী

ফত্তবা ঙাক্তা

নুপা

অফবা ঙাক্তা

(অনিমক রাখল থম্হনৈ)

মুপা

ঐ মায়থিগদবা খিংতমক ঙায়রব্রা ?

মুপী

মরমওদি

মুপা

(মতোমতা) কেবা—। মকে শেমতুনা খুদিংমকপু সুমহৎপা ওমলক্রবা। সুমহৎপদা ঐঙোন্দগী হেন্রিবসি কনানো ? কনানো ?

মুপী

ঐগী থৌনাদি লৈরি। সুমহৎপা খুদিংমকপু সুমহৎপা। নোকমিন্নতুনা (নোকমিন্নৈ) মীৎচিগী থোই-- থোইনবা মীৎ-য়েংনা মমল য়াম্বা মওংদা য়েংদুনা (য়েংই)

মুপা

উং মতুগী থৌনাদী ঐঙোন্দা লৈরি। লৈরি তাইবংপানবসিগী শকহেনবা শকহেনবী খুদিংমক ঐন্নু মহৌশাগুম সুমহৎপা ওমলি। মা লৈবাকসিগী, ইন্দিয়াগী, এসিয়াগী, ইউরোপকী, আফ্রিকাগী ওমমক ঐগী ইথোংগী খুজিন মমায়দা চংজরি।

মুপী

অহ্ ঙাক্তনি নং-ঐগী ইথা পোম্নখিবা নত্তনা করম্বা মপোক্তা করম্বা যুগতা ঐখোয় কৈদৌঙৈ মায়খিবা ফংনখরে।

মুপা

লাইবস ওফ গ্রেঠ ম্যান

সুপী

অদুনি নিংহল্লনিংঙাই লৈত্রে—

বি কেন ম্যেক অৱার লাইব্স সব্লাইম

সুপা

(হরাওনা) শোইদবনি য়েলহৌডৈদগীনি "সব্লিমিটি"

সুপী

এণ্ড ডিপার্টিং, লিব বিহাইণ্ড অজ ফুট প্রিন্ট ওন দি সেণ্ড ওফ টাইম

সুপা

(হেন্না হরাওনা) চুম্মে সব্লিমিটি

সুপী

মাম্মি, সব্লিমিটি

সুপা

(থব্রায় তানা ফমথৈ) মরিক চুন্না য়ান্না মরিক চুন্না তাহল্লু ঐবু অমুক্তা।

সুপী

(মওং পুথোক্লুনা থি, সুপানা থব্রায় তানা তাজে)

লাইস ওফ গ্রেট ম্যান ওল রিমেণ্ড অজ

সুপা

(রাখল তৌরুবদগী) য়েস য়েস—ডিস বর্স মষ্ট বি দি ফিটিং ইন্ট্রোডকসন টু অৱার নোলেজ (ডিউটি)

সুপী

ওইগদবা নত্তে ওইদুনা লাক্লিরনি।

সুপা

চুম্মী ঐ নং রেম্বোকথি।

সুপী

ইউ আর টাইম

সুপা

ইউ আর প্লেস

সুপী

ইউ আর সিটিউয়েসন

সুপা

ইউ আর এক্সিডেন্ট

সুপী

ইউ আর লাইফ। হিংলিবা থরায়গী লম্বী

সুপা

ইউ আর ড্রিম—মং অতুদগী ওইদবা

সুপী

ইউ আর লাইট,—ব্রাইট লাইট, ফ্লেম

সুপা

ইউ আর ডার্কনেস, টেরিবল ডার্কনেস, ব্লেক

সুপা+সুপী

কমপ্রোমাইজিং, কমপ্রোমাইজিং

রানরে, নীংশিংনরে। নীংশিংনরে।

প্রোফেসার

আই নো। ঐ খংই (হৌনা লাওই) ঐবু লক্নরে। থম্মোইদা তাশোন্না থিনবা লেংবা য়াদনা ফিভম অসিদা তাহনবা, লাক্লবা- লাক্লবা, ইয়া থরায় পান্দবশিঙনা অম্লক মথৌনা লৈনরবা। ঐ ঙম্নমক খংই। ( রাথৈ ) অহুবু - অহুবু হুজিক্তি করি তৌবা ঙমলি ঐ। ঐ কৈদৌব ঙমলিবা ? করি পাংথোকপা ঙমলিবা ? ঐনা হুজিক পাঙথোকপা ঙমলিবসি করিনো ? খংবদী খংই, খঙবদী খংই করিনো—

মহুদি খংদবগুম তৌই। নখোয় নখোয়না পাঙ-থোকলিবশিঙ ঐ ঙম্নমক খংই, নহাক — নহাক্না পাঙথোকলিবশিঙ ঐ খংই। খংহৌ (খংলাও লাওই) খংহৌ। ঐগী পাউথুম ঐগী থৌনা কনানশু খংবিদ্রে। খংউ চাও-থোক্না হায়রী—ঐ—ঐনি। নখোয়না নখোয়নী। মসিশু অমুক থীগৎপা, চুমথোক্না য়েংখিগদবা নো, নো? ঐ লাওগনি কায়রবা এরোপ্লেনদসু তুমলমদাইদা অকিবা খোঙ্গেল পীরমলি (কন্না লাওই) তাও, আই নো ওন—দি গ্রেট ষ্টার

(মুপা মুপী অনিমক রাখৎনরকই)

আই নো দি স্পেস, আই নো দি রার্ল্ড,

দি ব্লার্ল্ড ইন স্পেস। দি ব্লার্ল্ড ইন টাইম, দি ব্লার্ল্ড ওফ লাইবস, দি ব্লার্ল্ড ইন দি এজেস ওফ ফিসেস। আই নো দি ব্লার্ল্ড ওফ কোল স্বোম্পস, ওফ দি রেপটাইলস, এজেস ওফ দি বার্ডস এণ্ড ম্যামম্যালস ওফ দি মংকিজ ওফ দি সব-ম্যান এণ্ড দি ব্লার্ল্ড ওফ দি ফার্ষ্ট ট্রু ম্যান।

মুপা+মুপী

(অনিমক লোকমিন্নৈ, জগোয় শাই)

ট্রু ম্যান, ট্রু ম্যান, মায় পাক্লে, মায় পাক্লে।

প্রোফেসাব

মায় পাক্লে !! (অনিমক চোংলি) ঐদি – ঐদি (লেকথৈ) ইমা ইমা। ইমা— মা !!

(মুপা মুপী অনিমক শকফম হঞ্জন্নৈ)

মুপা

ছজিক পুং কয়া তারে ?

মুপী

ছজিক পুং মরি তারে।

মুপা

চৎকল্লা ?

মুপী

চৎকদরা ?

মুপা

শোয়দবনি । ঐ চৎকনি ।

মুপী

ঐস্থু শোয়দবনি চৎকনি ।

প্রোফেসার

(কপ্পা ফরে) - চৎকনি শোয়দনা ঐ চৎকনি ঐ চৎকনি । পুন্সীগী লম্বীদা চৎকনি। পুন্সীগী লম্বীদা পম্থুংদা থম্মোই-দগী খমন্নুং শরাগী পম্থুংফমদা, রাখলগী তময়াদা—। ঐ চৎকনি ।

মুপা

(তাবিদবগুম) শোয়দনা চৎকনি (কোটকী ফুরিংখাওদগী লৈ লৌথোকই কেনা মনম নমই) চৎকনি।

( প্রোফেসার, মুপাদা শাওনা য়েংই )

মুপী

শোয়দনা (শমজিরৈ পুল্লি) চৎকনি।

প্রোফেসার

(মুপীদা মীৎয়েংহুমক য়েংই ) (শাওনা) ইতৌ তমলে, ইতৌ তমলে, (মুপা মুপী অনিমক মকে শেম্নহুনা লৈ) আঃ করিগী

তোবা ঙমলি (শাওনা) করিদি তোবা ঙমলি ঐ (শোইনা রাখল তৌই) ও। ও। ও।

ও। ক্লেস, হোরর ওফ দি ক্লেস।

ইন গোড'স নেম

টেক মি সম হোর‍্যার ফার ওফ্ এণ্ড কোভর মি ফ্রোম সাঃট ওর স্লে ভর কাষ্ট মি টু দি সী হোর‍্যার নো আইজ কেন ইভর সী মি এনি মোর।

(কপথংলকই) ঐবু হ……হ……হ ঐবু মফমহুদা

মুপা

(লৈনম অরোইবা ওইনা চিংলুরগা)

হুজিক পুং কয়া তারবা?

মুপী

(মকে শেমলম্বদগী) পুং ৫ তারে হুজিক্কি

মুপা

চৎপদা লেপ্লে।

মুপী

থৌদোক রাথোক পুম্নমু লেপ্লগ্রবনি চৎপদা

মুপা

পুং ৫— মতম রাংলি

নুপী

লিকোল শান্নখিসিরা মতম ঙাইবা ওইনা

নুপা

প্রিমিটিভ

নুপী

খঙগদবনি – সিমন্থ ।

নুপা

(ঙক্লা) করি— খঙনিংঙাই করি লৈরি হুজিক

নুপী

নো-রন-থাউজ্যেণ্ড ব্রিদআউট রন

নুপা

য়েস, নো রন থাউজ্যেণ্ড, ব্রিদআউট রন

নুপী

নো ডেসটিনেসন ব্রিদআউট ষ্টার্টিং পোইন্ট

নুপা

য়েস, নো ডেসটিনেসন ব্রিদআউট ষ্টার্টিং পোইন্ট

নুপী

নো সিভিলাইজেসন ব্রিদাউট প্রিমিটিভ

নুপা

য়েস, ব্রেট ফার্স্ট য়ি নিড দি প্রিমিটিভ ষ্টেজ

নুপী

অদুদি রাংলিবা মতমসি করি তৌরুনা লেনগনি ?

নুপা
খুৎশান্না অমদা মতমসি লেমগনি (——————) য়েংউ
( নুপীবু য়েংহল্লি) করি উই ?

নুপী
মখোয় হরাওনরে । (হরাওই)

নুপা
য়েংখো ।

নুপী
মখোয় অমনা অমগী মতেং পৌনরে

নুপা
য়েংখো ।

নুপী
য়েংখিনরে। অমনা অমদগী হেল্লি—হেন্দে

নুপা
( নিংতম্না নোক্লুনা) হাঃ - হাঃ — হাঃ — চেৎলএঙ্গ

নুপী
চেৎলএঙ্গ । চুম্মে - হান্নগী ফিভমশিংছু কায়নরে । (রাখল তোই)
অদুবু মসিবু কুম্মেনি হায়বদি হায়মনবা খোকনি ।..

নুপা
(য়েঙবা তোক্লুনা) করন্না ( নুপীদা.ভনশিল্লি ) করন্না—।
মসিবু কুম্মে নৎলোইদবগী মরমদি লৈরিব্রা ? নিংশিংউ—
নিংশিংউ । নিংশিংউ; নিংশিংউ ।

ম্বুপী

(খৈম্বে) নিংশিংলে — নিংশিংলে । (য়েংই) মখোয় খোংথাং অসি য়ৌশল্লক্লে । কাংবু কাংবু গ্রুপিজম

ম্বুপা

মহৌশা নত্তবা — ঙসাঈ অহৌবগীদু নত্তবা অমা

ম্বুপী

মান্নি — চেঞ্জ ওফ হ্যুম্যান সোসাইটি ( য়েংই )

ম্বুপা

(য়েংদে) হায়বদি মখোয়না — অদুম্মক শেম্মজরে সোসাইটি নত্রা ?

ম্বুপী

দি রেপিদ চেঞ্জ, চেঞ্জ

দি সী ওফ হ্যুম্যান পেসন (য়েংই)

ম্বুপা

নং মদু উরব্রা ?

ম্বুপী

উরে। ঐ উবে, দি রেপিত চেঞ্জ ওফ দি সোসাইটি, অন্দর দি সী ওফ হ্যুম্যান পেসন

ম্বুপা

অনলিমিটেড

ম্বুপী

(হরাওনা) য়েস, শোয়দবনি অনলিমিটেড

ম্বুপা

অন্দর দি কন্ত্রোল ওফ টাইম ।

রূপী

অন্দর দি কন্ট্রোল ওফ প্লেস

রূপা

অন্দর দি কন্ট্রোল ওফ সিটিউয়েশন

রূপী

আই এম দি লাইফ

রূপা

আই এম দি ড্রিমস,

রূপা

লাইট

রূপী

ডার্কনেস

রূপা

পুনখরব্রা য়েংউ।

রূপী

(য়েংই) পুল্লে (হরাওনা) ঐখোয় মায় পাক্লে। চাওনা—লৈরে নাও দি মার্চেস ওফ টাইম হেভ উইটনেস দি রাইজ এণ্ড স্ত্রগল ওফ প্রোগ্রেসিভ এণ্ড রিয়্যাক্সনরী এডভান্স এণ্ড এবসোলুট, করেক্ট এণ্ড ফোলস আইডিয়াস (য়েংই) ভান-মকসি মখোয়দা পুল্লে। শোয়দনা (নোকচৈ) ছজিক লৈরে মখোয়দা টরবিউলেণ্ট ষ্ট্রিম ওফ কন্ত্রাডিক্টোরী ফিলিং ওফ লব এণ্ড হেট্রেড রাইওনেস এণ্ড ইভিল।

ঋুপা

ৰুজবা অচুগা থিবগীদমু

ঋুপী

ওয়মকনি হিংবগীমু, শিবগীমু। মখোয়গী তোঙান তোঙানবা ইণ্টরপ্রিটেসন পীনরে মখোয় ইনডিভিডিউয়্যালিষ্ট ওইনরে।

ঋুপা

য়েংবা মুংঙাইবরা?

ঋুপী

মসি অশেংবা কুম্মেনি।

ঋুপা

আই এম দি সিভিলাইজেসন, কিং ওফ হ্যুমান রেস। ঐ য়াওদনা মখোয় ওইথোক্তবনি হিংবা।

ঋুপী

আই এম দি সিভিলাইজেসন, কিন ওফ ডেম। ঐ য়াওদনা মখোয় ওইথোক্তবনি হিংবা।

ঋুপা+ঋুপী

নং, ঐ কমপ্রোমাইজিং, কমপ্রোমাইজিং (ফমথৈ হয়াওনৈ) হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ।

প্রোফেসার

(তিন শিৎলি মৈ হোনা শাওনা) থুই, থুই—। ইমর্পফেক্ট।

(ঋুপা ঋুপী ফমহুনা নোক্লি, পেন্না নোক্লি)।

প্রোফেসার

(হেন্না শাওনা) ইমর্পফেক্ট—। তাজো তাজো নখোয় তাঙো

তাইবঙপানসি কৈদৌঙৈ পোকখি মতমহুদা নখোয় লৈপ্রবরা ?
নো—নো (অনিমক নোকপা খংতোক তোকনৈ তানৈ) দি
রার্ল্ড রাজ ক্রিয়েটেড সডনলি ইন ৪০০৪ বি, সি য়ানিংবরা-?
নখোয়না খল্লি তাইবঙ অসি নখোয়না কন্ট্রোল তৌরি
(শাওনা) হায়য়ু অসিগুম্বা কন্ট্রোল ঙম্বরা। উচেক্কী পাইব-
ঙম্বগী থৌনাসিদগী হেনবা য়াদে। নো বার্ডস ফ্লাঈ সো হাই
অ্যাবভ ফাইভ মাইলস। সিভিলাইজেসনগীম্ব অরোইবা অহৌবা
হেনবা য়াবা য়াদবা লৈ। খংউ, খংউ (হৌনা) খংউ—ও
এপ্পরেণ্টলী ওল দি লিমিটলেসনেস ওফ স্পেস ইজ
অদররাইজ এমটি এণ্ড ডেড, অহাংবদা সিভিলাইজেসন লৈত্তে
অহাংবদা মফম মতমগী ইমপোরটেন্স লৈতে, অশিবদা সিভি-
লাইজেসন করিস্ত ওইদে, করিস্ত ওইদে, মফম মতম্না
অশিবগী মফমদা মীকুপ অমতশু মাংহনবা ঙমদে (অনীদা)
ঙমলিব্রা—। ঙমলিব্রা (পেম্না নোকই) লিমিটলেসনেস
ওফ স্পেস—হা—হা—হা—এমটি·········ডেড। (লাওই)
ঐবু অশি খয়াংতা শীন্নবিরব্রা হা——হা।

মুপী

হুজিক পুং কয়া তারে ?

মুপা

হুজিক পুং ৬ তারে লাকও

মুপী

মতম রাংলি

মুপা

রাংলিবা মতমছু লেম্নবনি।

মুপী

লৈবদি লৈরে, ঐ সিদা

মুপা

ডেন কম ওন, ডান্স নত্তরা?

মুপী

চুম্মী খুংশম্না পুম্নমক হৌখরে। মতমগা, মফমগা, ঐখোয়গা চেংলবা মরুপ ওইদবা য়াদে–। ছুজ্রিক জগোয় শাবা তারে।

মুপা

ডেন কম ওন ডান্স

মুপী

য়েস, য়েস, হীয়ার আই এম, বট ডোন্ট ডান্স টু রাইন্ড,

মুপা

ঐঙোন্দা ডিরেক্সন অমুক পিরিব্রা, ডান্স পামম্রগা পামদে হায়য়ু-। কমপ্রোমাইজিং নত্রবদি নং ঐগী ইউনিটি মাংখিগনি

মুপী

য়েস, য়েস, (জগোই শাই মতোমত) নাউ আই এম ডান্সিং ক্যান্ট ইউ সি।

মুপা

(জগোই শাই) আই সি আই সি।

## প্রোফেসার

চহি লিশিংনা খুজিং ওই, হৌগ্রবা মতমদা লৈরম্মী মখোয় লৈরম্মী নখোয়গী নথা পোন্দনা—। ডারউিন নংনা শেংনা অমুক্তং তাকপীয়ু—। ইন্দিয়ান ওসিনদা লুপখিডৈ লিংখিংবা থোক্তরবা মখোয়গী থোনা-। মফম্না, মতম্না থোদোক রাথোক্রা মখোয়বু মখোং মখুৎ পুন্দুনা থম্না ওমদ্রবা পিরিয়ড ওফ টরশিয়্যারি. দি টরশিয়্যারী পিরিয়ড, শম ডাক্কা, মশা পুম্বা—মকোয় চোংবা, মনাকোং শাংবা—

(জগোয় শারম্বদগী লেপতুনা )

মুপা

ঐ অয়ানবা অমা চংখরে ।

মুপী

( জগোয় শাবা লেপ্তে ) ঐ খংদে ।নিংশিংবা থোক্তবে ।

মুপা

(য়াখন তৌনা) মচু, চংখিবচু—ইম্বুম থাদনি, কালেনগী মৈশা খংহৌদনা ঐনা হায়খি কালেন থা য়াম্না শাই হায়না নঙোন্দা ।

মুপী

কয়াম কুইরবা ?

মুপা

ইম্বুম থাদা

মুপী

( জগোয় শাবা লেপই ) ইম্বুম থাদি হুজিল্লি

মুপা

অচুদি অচুদি, মসি চুম্বা তারব্রা—মসি চুম্বা তারব্রা ? ঐথোয় পোক্লকপা কুইজ্রি য়াম্না নৌরি ।

হুপী

য়েস, হাও য়ং ইউ আর, দি য়ংগেষ্ট ওফ ডেম ওল য়েংক্ষ্

হুপা

(য়েংই হুপীদা অমুক) চুম্মী নং কয়াদা নৌঙ্গবনো ? হাও য়ং ইউ আর ?

হুপী

হায়বদি হায়দোকপ্রে অহুবু ঐহাক য়াকম অসিদা ইশামল্লা য়াবদি ঙমলোই, নৌরগা কৈদৌবা নৌদরগা কৈদৌবা ? ঐখোয়না খুদিংমকপু কন্ট্রোল তৌফম থোকই।

হুপা

মহুদি শোয়রবনি ঐখোয়না কন্ট্রোল তৌরি, তৌহুনা লাকই।

প্রোফেসার

ঐ থংই স্পেস ঐ থংই। য়ার্ল্ড ইন স্পেস (হুপা হুপী অনিমক ইশোন শোষ্থে) য়ার্ল্ড ইন টাইম, ঐ থংই, সং কৌবা অমা লৈ।

(হুপা হুপী অনিমক খুরু খুদক কুম্হনৈ) সং কৌবা অমা। মতম কৌবা, পুক্লিং মশক থংদবা — মশক থংদবা ইনভিজিবল উবা — কংদবা, ময়াম্মা ভিনহুনা প্রমান ওইখিবনি, মহুবুনি মঙাল ওইরিবা —। "O" শূন্য '৬৪না তেল্ল অমা শাই।

তেম্ব অমা, তেন্দ, তেম্ব (থৈম্বি) য়েস দি সন'স ব্রাইট রেজ ওন দি য়াল, কল্লাংদা তাবা কোরৌহন্‌বগী মশেকুম্না। দি সিক্সটি ফোর তেম্ব= য়ন বেণ্‌—বেণু, দি ডষ্ট, লৈফম, উফুল, সিক্সটিফোর বেণ্‌=য়ন। পল, হ্বাট মীন্ট বাই পল (থৈম্বি) য়েস য়ন মোমেণ্ট, মীকুপ অমা। পল ৬৭না দন্দা । দন্দা ৪না প্রহর অমা । প্রহর ৪না লুংথিল অমা। য়ুথক ৪না অহিং অমা, য়ুথক নিপালনা দিন অমা দিন ৩৬না মাস ১—। মাস ৬না অয়ন ১, অয়ন ২না কুম ১। কুম অহুমনা বয়সবীজ ১, বীজ অহুমবু অহুম্না পুরিরগা নবগ্রহান্দ। হুজিক পুরিরে, হুজিক পুরিয়ে—নবগ্রহান্দবু অহুম্না। ওইরে চক্রাব্দ ১। চক্রাব্দবু ৪না পুরিরগা ঐনা ফংই অঙ্কি সংখ্যা। মথং লৈরি অঙ্কি সংখ্যাবু ৪না পুরি অরুক্রান্তী ফংই। পুম্নমকসি করম্না ফংলিবনো ঐনা। করি করিনো ঐনা হুজিক ওাংখিব-শিংছু। করম্না থৌদোকশিংসে ওংথোক্‌পম থোকনি। অতিয়া করৌহনবা কুমিং, থা, থরানমীচাক, অইংবা—অশাবা, অচোৎপা অকংবা, মঙাল ১ অমম্বা ১, কুমিংথোকপা কুমিংতাবা—অহাংবা— অহাংবদগী তরং, তরাংদগী অইং-অশা, অইং-অশাদগী – নো-নো মসি চুমহনব য়াদে।

থরাই পান্দবশিংবু—থরাইপানবগী মথক্তা ডোমিনেট তৌদুনা পানবা য়ারব্রা? য়াব্রা? য়াবগুম্নদি তৌনরে। অদু ওইরবদি ঐহাক ফিলোসোফি শিজিন্নবা তাই। হুজিক ঐগী ইফমদা ফিলোসোফি এসেনশুল ওই। ওইরে—অসিগুম্বা মিসটিকেল ওইবা থিঙ্কিং অসিদগী লাপ্না চৎথোক্কনা অশেংবা অচুম্বা অদু

থংবা ওয়নবা, ঐ হৃজিক পামলে (লাওই) পামলে নেকেড ট্রুথ। মিসটিসিজম অ্যাণ্ড সিম্বোলিজম [illegible] মপৈ, ঐ পামদে, ঐহাক অসিগুম্বা মপৈ মপৈগী মংলান অসিদা চোম্বনা লৈবা ওয়রোই, ফাওনবা, পুনশিনবা, তোঙ্গিবসিনি. হৃজিক ঐ নেকেড ট্রুথ অদু পামলে।

সুপা

(য়া ওাংনা ওাংনা হৌগৎলকই) উং ঐগীদি খনগদবমখে খনবা লোইরে। নহাক করি খল্লি?

রুপী

(য়া ওাংনা ওাংনা হৌগৎলকই) খল্লে—। হৌখিবা পুন্নমক চিংশিন্দুনা, তুংগী থোনা পুন্নমকপু চিংশিন্দুনা করিগুম্ব লৈরমল্লে ঐথোয়না ওম্বতনি উরিবসি। পোলিটিশ্যান, সাইকোলোজিষ্ট শিং ফিলোসোফর, নিংথৌশিং, লমজং থোবশিং শাবী শানৌশিং—

সুপা

ওয়মকনি, ঐথোয়গী কল্লোলগী মখাদদা লৈনখি, লৈরি অহুমক লৈরি।

শুপী

(রাথন তৌনা) অদুবু মখোয়না হায়নৈ ঐখোয়গী অরোয়বা লৈ হায়না।

রুপা

(থওইদনা) ঐখোয়গী অরোয়বা লৈ !

শুপী

অদুম্না মখোয়না শৌনৈ ।

রুপা

(নোকই) এণ্ড ওফ দি সিভিলাইজেসন হা হাঃ হাঃ করিগীনো মখোং ওক্তবা অসিগুম্বা অরানবা অফ খুৎহোং অসিদা নংনা মাইথু তৌরিবা। ওল ডিজ ফিলো-সোফরস আর ওল্ড গোটস, ওল্ড গোটস (মতো তমই) (খোংহুনা) ওল্ড গোটস প্লীজ লাইক ডিস (ওনশনম্বী) প্লীজ গিভ মি দি মিনিং ওফ বাক বাক বাক লৈতে মসিগী মিনিং লৈতে।

প্রোফেসার

লরুরে—ঐবু লরুরে। মরালগী মশকপুবা রাহৈশিংসি ঙাংলে করি—

রুপা

কাম্নদবনি মাইথু তৌরুনু ওল ডিজ ফিলোসোফরস আর ওল্ড গোটস।

প্রোফেসার

অহোয়ননা—। তাও—। অহোয়ননা ঙাংলিবসি

ম্নপী

মখোয়গী খৌনা খর খরদি লৈরমগনি। ঐখোয়বু অয়োয়বা মফম অমদা লৈহনবা ঙম্বগী -।

ম্নপা

হৃজিককাওবদা নং মাইঙ তৌরি। মীওইবা হায়বসি ওমনিপোটেন্ট নত্তে। অদুগা সিভিলাইজেসনবু করমনা মীওইবশিংগী হোৎনবা মখা পোন্না লৈগদৌরিবনো? মতু ওইথোকপা য়াদে। মফম মতম থৌদোক রাথোক অসি ওয়মকসি লৈরিঙৈ করম্না মীওইবশিংনা অতুক চাওবা ফম্বাক অতু কাফম থোকই—। মীওইবা॥ মতমগী মখা পোনগদবনি, মীওইবা মতমগী থৌদোক রাথোকী অদুগা ওয়মকী মখা পোল্লগদ লৈগদবনি - মখোয়গী থৌনা সিদগী হেনবা য়াদে।

প্রোফেস্যার

ঐ করি তৌবা ঙমলি। ওঃ কৈদৌবা ঙমলি ঐ অয়োকপা ঙা ওইরে। ঐগী খোঙ্গেল লৈতরে এ ক্যাপটিভ, এ ক্যাপটিভ ক্যাপটিভ (মপি তৈথোকই)

এ ক্যাপটিভ অ্যালোন ইন এ ডনজন

আই ডুরেন্ট (মপি তৈথোকই)

এ ক্যাপটিভ, এ ক্যাপটিভ (কপই)

নুপা

হৌজিক পুং কয়া তারে ?

নুপী

হৌজিক পুং তরেং তারে।

নুপা

মতম রাথলি।

নুপী

রাংলি।

নুপা

চাইবা তাই [ফমথে]

নুপী

চাইবা তাই [ফমথে]

প্রোফেসার

[রানা] ওঃ ওঃ ওঃ। হৌজিকি পুমলোই লোইরে। হকচাংসি পুমচোক চোকথরে। ষ্টীল ষ্টোরী ওফ মাই মাইও ইজ ত্রী ইমপর্ফেক্ট। মসিগী মমাংদা ঐ কৈদৌথি ? ঐ থংখিগদ্রা ?

[রাখন তৌই] খুঙ্গি খুঙ্গি দি ক্লাস অফ ম্যামম্যালিয়া, দি প্রিম্যাটস, সেরেব্রল ম্ন, মংকি ম্ন, এপস ম্ন, ম্যান ম্ন—লৌমিংবগী নিংশিংবা থোকখি। ৫০,০০০,০০০, চুমজাগ্রিংদি হৌজিকসু সেপ্লোয়েটককী মতম।—ঐবু কলোক্লমগে। ঐগী ক্রিডম মনুংদা পুরীগে। রাখন থেবা। থেবা নত্তে অপঙ নত্তে, নাম্মা রাংগ্লু নুত্তে, মত্রমহুদা ঐ অমুকী মতিক নিংতম্রবনি মৃতমৃহদা মরুম মৃতম, অত্থগা থৌদোক রাখোকশিংসি গা অমুক গৌনা লৈনরম্বরা ? [খন্থৈ] লৈনরমদে। লৈনরবা থোক্রবা । ঐ খংদে। খংদবগা লৈতবগা উদবগা করি খেন্নৈ, করি খেন্নৈ। মীৎতাংবদা কোবৌহবা লিশিং অমগী মঙাল করিম্নু ৎইদে। ঐ খংদ্রে। অত্থু ওইরবদি লৈখিদে। মীৎইবনা মহৌশা লাইরেম্বীগা খৎন-রিবসিগুম অকম্বা লাম্থেং অত্থু থেংনখিববা ? ম্যেন'স ফাইট রিদ নেচর (ভক হাই) নো—নো নো - হায়য়ু ওষ্ট্র্যালোপেথিউস, হায়য়ু প্যার‍্যানথ্রোপস হায়যু জেনয়্যানথ্রোপস, নখোয়দবু ঙসি ঐঙোন্দা ওৎলিবসিগুম থরায়পান্দবশিংসিনা তমথিনা ওৎখিবরা ? খুম্মু — হ্যাবিলিস—নখোয়ম্নু খুম্মু—(ঙাওবগুম) খুমদে। নখোয় কনাগ্নু খুখদে। ডেন, আই মষ্ট ফাইট রিড ডেম, নাম্থোক্কনি। (মঃক্তমক নোমই, হাই, নাম্থোক্কদবগী) নাম্থোক্কনি। ঐ...... নাম্থোক্কনি (ঙমদে) ওঃ ওঃ ওঃ এ ক্যাপটিভ ক্যাপটিভ এ পুওর ক্যাপটিভ। নাও আই এম অ্যালোন, [কপ্পী] রারে হকচাংসি, ঙমখৈ থেংনা চোকথরে। করিম্নু ঙমদরে। পুক অসে লাম্বনা লোয়রে, পুক অসে লামলে। চরি অসি তৎলে। ঐবু (রায়)

ঐবু, ঐবু অরাঙসি কোকহল্লু। সুপ্রগী ঈ খিত্তংদি ওখোকহল্লু অরাঙসি কোল্লবা পবোয়ীদগী অনগুবা ঈ খিল্লংদি ওখোকহল্লু ঐবু। অঙাংবা ঈ। পেল্লা ইয়াসিদগী, ঈ খিল্লং ওহল্লু (ওগে ভৌই) সুপ্রগী - খিত্তং। খুয়া অমত্তা ওইরবল্লু (ওবা খেমজৈ) ঈ ওনিংবনি ঐ -। [ওদে — য়াদে] ওদে — ওঃ ঈ ওদে ও ওনিংঙাই "ঈ" ঐগী নৈতরে, খুয়া অমা ফাওবা ইয়াসিদগী ওনিংঙাই ঈ ইশাসিদা য়াওদরে — ঐ ঈ চেল্লরে। অঙদি, অঙদি পুক্কী অরাঙসি কয়ম কোঙানি (খুঁন্নে) ওগানি— [তেমশিংনবা] ওগানি (খেমই) ওগনী......... (খেমই য়াবা নৈত্রে) ওদরে। ঈ ওত্রে। পুক অসে লায়ে [লেকথৈ]।

সুপা

পুং কয়া তারে ?

সুপী

পুং নিপাল চপ চানা তারে।

সুপা

অছদি ঐখোয়গী লনশ আল্লারনি হুজিক।

সুপী

মাল্লি লনশ আল্লারনি (মায়কৈ অমদা)
সিদা লৈরে (ওঙ্খোরকই)

(ভুপা মায় লৈ)

শেম শায়ে—

(ভুপা মায় লৈথোরকই)

লেংশল্লসি

ভুপা

(রাখন তারকপগুম) ও! (কয়ৈথে)

ভুপী

চায়সি.........(কমথক্কয়গা)

ভুপা

(রাখন তায়কপগুম) ও!

ভুপী

চা—

ভুপা

থেক্ক ইউ

ভুপী

শঙ্গোম

ভুপা

ও! থাগংচরি।

ভুপী

ভা থোংবা অহাও অহাওবা— ।

ভুপা

অহাওবা থেক্ক ইউ

সুপী

কালেনগী মৈশা কোকপা, ঈংগ্রবা
ঈহুম উনখাক মৈহন্দবা, লুমুনবা
ঈংলবা শারবা, থুম্ববা হৈ মহী—।

সুপা

মখল মখল! থেঙ্ক ইউ

সুপী

মহৌশাগী হৈ-ন্না—। বাইট্যাম্মিন

সুপা

এ, বী, সি, ডী, ঈ অ্যাণ্ড জেড। থেঙ্ক ইউ

সুপী

য়েন থোংবা, মখোং মখুং
থবোম্বী থরায় মশিংখা লীংজেন,
মথীক মথা, শুংশিবা অহুগা
য়েনগী তুংগী পুন্সিগী রাখন মংলান কয়া
অঙোবা অথোংবা কয়া কয়া।

সুপা

ওঁ (হয়াওনা) এক্সপ্লোইটেশন! এক্সপ্লোইটেড
এক্সপ্লোইটরস ঙম্নমক অঙৌবা অয়ৌবা
ও, কে, থেঙ্ক ইউ থেঙ্ক ইউ

(চায় থকই। ঈচীক চীকই)

ঝুপী

( চারমূদগী রাখন খন্থরুরগা মতোমতা )

হোটেলস অ্যাণ্ড কম্প্রি হাউসেস - ও ; কাইট ডিফরেন্ট—।

ঝুপা

( চানা চানা ) ইন্দিয়ান টাইপ ওফ হোটেলস

ঝুপী

(মতোমতা) ইন্দিয়ান টাইপ ওফ হোটেলস

ঝুপা

ইউরোপিয়্যান টাইপ ওফ হোটেলস

ঝুপী

(মতোমতা) ইউরোপিয়্যান টাইপ ওফ হোটেলস

ঝুপা

অ্যাণ্ড হোটেলস ওফ জ্যাপ টাইপ

ঝুপী

[মতোমতা] অ্যাণ্ড হোটেলস ওফ জ্যাপ টাইপ।

[ ঈচীক চীকশমৈ ]

মুপী

[কুইনা তুমিন লৈরম্বদগী মতোমতা] লম্বীদা লমজাওদা পার্কতা, ষ্ট্রীটতা, অপুম-হন্নাই থূল্লীবা মখোয়শিংসিগা ঐখোয়গা ........করি মরি থোক্লে? (খন্নে) ক রম্ম থোক্ল-হনবা য়াদে। নং খংই হায়না খুমগত্রা মখোয়শিংসিবু?

ভুপা

কনাবু (চাবা লেপ্লী) কনা কনাবুনো হায়রিবন্থ?

মুপী

ডিজ সেকেণ্ড ক্লাস পিপল, ডিজ থার্ড ক্লাস পিপল, মিডল ক্লাস পিপল, ষ্ট্রীট অ্যাণ্ড প্যান ড্রুয়েলরস

চাক্লীবশিং লুথাক থূল্লীবশিঙ চরী তংলবশিং—।

ভুপা

নো, (ঈথং খংই—শাওই) ঐ খংদে। আই ডোণ্ট নো! খংদে। খংলবস্মু খংদে। ঐ খংলবস্মু খংদে। (মতোমতা) অন্থবু মখোয় অস্নুম অস্নুম উই। আই ক্যান সি মোড় অ্যাণ্ড মোড় ও-ফ ডেম! মোড় অ্যাণ্ড মোড়-লেপ্পবা—। মাংবা লৈতবা। তাথরকপা লৈতবা—। (মমীৎ খুমন্থনা খাংলে) মসি ওইবা য়াদে। ঐ উদে। মুকউ উদে। ঐ খংদে। মখোয় লৈবরা! মখোয় লৈতবরা! ইমাংদা মীমাংদা—! সেকেণ্ড ক্লাস, থার্ড ক্লাস, মিডল ক্লাস লুথাক থুনবা, চাক্লীবা, ষ্ট্রিট অ্যাণ্ড প্যান ড্রুয়েলরস।

রাহং অহু হংলকনু
মহু হংলকনু
থেংনরিবসি মখোয়গা মুম
ইতৎ তৎতনা মকম খুদিংদা।
মহু হংলকনু করিগী হায়বহুমু—।

তুপী
নং মখোয়গী খোল্লাও থংলিবা নত্তরা ?

তুপা
মখোয়গী খোল্লাও !! ( নীংশিংই ! নীংশিংই )

তুপী
মখোয়গী অমত্তা ঙায়রবা খোল্লাও অহু !

তুপা
নীংশিংলক্লে ( নীংশিংলক্লে ) মখোয়না লাওই—

তুপী
(লাওই) "পেন্ট দি সোল, নেভর মাইণ্ড দি লেগস্ অ্যাণ্ড অর্মস।"
নত্তরা ? হিঙলগা লোইরে। মখোয়গীদি হিঙলগা লোইরে!

তুপা
..........মসি নত্তরা !! হিঙলগা লোইরে।
মখোয়গীদি হিঙলগা লোইরে ।

ঙ্গুপী

"পেণ্ট দি সোল, নেভর মাইণ্ড দি লেগস অ্যাণ্ড আর্মস"
মখোয়দা লমচং শাক্তং লৈতে, মীৎ পানবগী কান্নব লৈতে
গ্রামার মখোয়দা মিনিং লৈতে, মখোয়দা লোঞ্জনগী কান্নবন্থ
লৈতে।

ঙ্গুপা

চুম্মে। মন্থু অচুম্বনি-। মখোয়দা লোঞ্জনগী কান্নবা লৈতে।.. . মখোয় শানী । মখোয়দা ফজবা লৈতে। চৎনবী মখোয়না মশক খংদে—।.... চৎনবী মখোয়না মশক খংদে ।

ঙ্গুপী

অন্থনবু লাওরিবনি (লাওই।
পেণ্ট দি সোল, নেভর মাইণ্ড দি লেগস অ্যাণ্ড আর্মস ।

ঙ্গুপা

মখোয়গী লাইফ—রন রে ট্রাফিক নি

ঙ্গুপী

মখোয়গী খোল্লাওনি (লাওই)
হিঙদবা য়াদে।

ঙ্গুপা

মাগী চুম্লে- হিঙবতনি

প্রোফেসার

নাও ডে রাণ্ট ওনলি টু একজিষ্ট

মরমম্থনা, মতুদগীদি পুন্নমক্ত্দগী মখোয়না মখোয়গী অমত্তা ভায়রবা খোল্লাও ওইনা লাওনরকইবনি—

পেণ্ট দি সোল নেভর মাইণ্ড দি লেগস অ্যাণ্ড আর্মস,…

নেভর মাইণ্ড লেগস অ্যাণ্ড আর্মস …. নেভর মাইণ্ড— মীৎকী য়াগী, নাকোংগী, উনশাগী, পুন্নমকী। পুন্নমকী শরু পোলাওগী, ফীজেৎকী—, অমম অণ্ডানগী পুন্নমকী । পুন্নমকী মফমদা কান্নবগী মরী'হু করি অমত্তা থন্নগনু—।

ও! লৈ স্বপ্নগী অমতংদী লৈ।

হিণ্ডবা !!

হিণ্ডবা !!

হিণ্ডগদবনি—। শোয়দনা হিণ্ডগদবনি ।

ও! ……..ও! . ও!…….. চন্নী অসি তংলে ।

চন্নী অসি তংলে। ঈ খুজোক অমতং, স্বপ্নগী অমতংদি থবোম্বী অসিদগী ওগে—। ঈ ওবা পাম্মী। ঈ খুজোক অমত্তং স্বপ্নগী……। অতুম তৌরবদি অরাম খৌরাংবসি থরমখৈদি কোক্কনি॥ শোয়দনা কোক্কদবনি—। হকচাং অসি অরাম খৌরাংবনা কাহৎলে—। অরাম মৈচাকসি কোক্লবা, অনণ্ডবা ঈ, ঈ খুজোক অমতংদি ওহল্লু ঐবু ওহল্লু—। ঈ ওগে (থেমজৈ, ওদে…) ওরক্কে [লাম্বনা কপচৈ] ও…র.. ক্কে ।

রূপা

হুজিক পুং কয়া তারে ?

রূপী

হুজিক পুং মাপল চপ চানা তারে ।

প্রোফেসার

থোক্তরবা !!

নীংশিংবা থোক্তরবা । হুজিক্তি ঙম্নমক— মানা মানা থোকপা .....তুমীন তুমীন লৈনরে । করিগুম্বা অমত্তা তাদরে । নীংশিংবা মত্তনা নাকোংসিনা তাবা ফঙক্তরে—। (রাজৈ)

অচুবু............

খুদম কয়া, কয়া কয়াবুদি লৈরি লেংদনা ঙসিস্থু ।

ৱার্ল্ড হিষ্টরী সো অজ ।

হাও ম্যানকাইণ্ড প্রোগ্রেস ফ্রোম দি লোএষ্ট সোসিয়েল সিষ্টেম টু দি হাইয়েষ্ট (য়ানীংদে) ঈশাগী রাফমদা ঈশানা

য়াদবা (নীংশিংই) য়াই—। য়াই। ঈশাগী রাকমদা ঈশানা য়াদবা য়াই—।

য়াদে য়াদে। নো—নো—। মসি নত্তে। ঐ মসিদা য়াবা নৈদ্রে।

ফ্রোম লোএষ্ট টু হাইয়েষ্ট

য়াদে। য়াদে। য়াদে। .... য়াত্রবদী? (খষ্ট্রে)

(কন্না লাওই) হুজিক মীওইবনা........

মীওইবনা অহৌবহ্ন পামলে। .... প্রিমিটিভ!! মসিনা করে—।
(নীংতম্না হৌনা) করে মসিনা করে........

প্রিমিটিভ (হৌই)
লোএষ্ট (হৌই)
বেগিনিং (হৌই)
প্রি, প্রি, প্রি, প্রি, প্রি, প্রি,
থাউজেণ্ডস প্রি,

(লেপখি)

সোসাইটি ইজ এ কমপ্লেক্স সোসিয়েল ওরগনাইজেশন মসিদি পাম্বনী ( কম্পী ) সোসাইটি ইজ কমপ্লেক্স।

সুপা

পুং কয়া তারে।

সুপী

হুজিক পুং তরা চপ চানা তারে

সুপা

অদুদী কন্সটিটিউশন অমা শেম্বা তারে

সুপী

ফ্যাণ্ডামেণ্ট্যাল লো ওফ

সুপা

হিউম্যান সোসাইটি

সুপী

শেমখরে মতুদি শেমখরে কাওরবরা

সুপা

মতু চানবা য়াদ্রে নাও এডেজ ডে বিকেম মোড় অ্যাণ্ড মোড় পরারফুল।

সুপী

পরারফুল !!!

সুপা

পরারফুল ।

সুপী

নত্তে ....... মসি ওইবা য়ারোই

সুপা

নত্তে .... মসি ওইবা য়ারোই

সুপী+সুপা

নত্তে মসি ওইবা য়ারোই

নত্তে মসি ওইবা য়ারোই

নত্তে মসি ওইবা য়ারোই

প্রোফেসার

আঃ ·· (খাংবা ওমদে) আঃ ··

সুপা+সুপী

নো। ইট চপ লেপ্পী।

সুপা

ছজিক পুং কয়া তারে?

সুপী

ছ'জিক পুং তরামাথোই চপ চানা তারে

ঝুপা

অহুদি নংদবা ম্রাই

ঝুপী

চুম্মী মতমসি থেংলে

ঝুপা

শেম শারো

ঝুপী

মকে শেম্মশি

ঝুপা

ঐ কেবা হৌরে—। (মকী লৌথোকই)

ঝুপী

ঐ কেবা হৌরে (মকী লৌথোকই)

ঝুপা

কেরে— (মথং মথং লৌথোকই)

ঝুপী

কেরে...... (মথং মথং লৌথোকই)।

রুপা

কেবা লোইরব্রা ? ( ফি শেত্রে )

রুপী

লোইব্রি - (কী পক্তে অমত্রা)

রুপা

ব্রাজ্রী। লৈখোম তৈ উফুল তৈ ..তৈ )

রুপী

করিনো ?

রুপা

বাংলা "( তৈ তৈ তৈ তৈ )

রুপী

কেবা !! ( নোকই ) কেবগী ডিফিনিশন অদু লাদ্রে —।

রুপা

পেন্না নমায় ঈশায় য়েঙনসি ( তে তৈ ..তৈ তৈ !

রুপী

( রাখন তৌরকই ) চুপ্পী

ঐবু য়েঙহনবা ঐগী ইথৌনি।

ম্নুপা

লম্বীদা লমজাওদ। খুদিংমক্তা..... ঐবু য়েঙহনবা ঐগী ইথৌনি–। ( তৈ তৈ তৈ তৈ তৈ )।

ম্নুপা

নৈ শাংলি—। তৈবা লেপলে )

য়েন্নীং থাদ–ত, খোইমুশিঙ পাইরকই।

খোইমুশিঙ পাইরকই ( তৈ তৈ—ত ।)

ম্নুপী

নৈ শাংলী য়েন্নী থাদ-ত খোইমুশিঙ পাইরকই।

নৈ শাংলী য়েন্নীং থাদ- ত, খোইমুশিঙ পাইরকই।

ম্নুপা

কেবা !! মীনা য়েংনবনী। মীনা ঐবু য়েংনদ্রে। মীবু ঙমহংপ রাংলে–। রাংলে। চাঙ তারে। [য়েঙজে] ঙসিদি (হরাওই, ঙসিদি মীপুম খুদিংনা ঐবু য়েংনরগনি (হরাওই) মীংক্ষম হোংদনা ঐবু য়েংনরগনী ....

ইশা অসিদা ক্ষী অমত্তা পক্তরে।

ম্নুপী

খোইমুশিঙ পাইরকই নৈ শাংলী, খো-ই-মু.....

নুপা

ঐ কেবা লোইরে চৎলসি

নুপী

খোইমুশিঙ পাই...( নীংশিংই ) লৈরে ( হরাওই )

লৈরে ঐগী মতিকচাবা ফীজোল লৈরে.........

চংলসি —

( অনিমক চৎপা হৌই )

প্রোফেসারগী ওক

হাঃ হা—হা - হা ( পেল্লা নোকই ) ম্যান'স ফাইট রিদ নেচর—ম্যানস ফাইট রিদ নেচর, রিদ টাইম, প্লেস, ম্যান'স ফাইট রিদ নেচর ( চোঙথোরকই )

প্রোঃ

( লেপ্পী নীংতন্না ) করিনো !! ঐ করিনো অমা তৌরে। ঈশীংদা তাওবা হীজাওগুম ঐ ইয়াং য়াংলে। করি তৌরম্বদগী অহুগা করি তৌহনা ?

করি তৌরম্বদগী করি তৌদ্রুনা ?

করি তৌরম্বদগী করি তৌরকনা য়াংলীবা।

য়াংলে হায়বসি ঐ থংলত্রা ?

য়াংবগী ওয়াতেনবা য়াংবগী ওপোর্জিট ( নীংশিংই )

অরাম্বা—!! অচুম্বা ঐ লুমগ্রবরা। ঐ লুমগ্রবরা ?

ঋুপা + ঋুপী

ঐ তুমলে (তুমশল্লী) ঐ তুমলে।

ঋুপা

চান্নবী নংতদী হিংহৌ

ঋুপী

নংতদী হিঙহৌ চান্নবা

ঋুপা

চান্নবী ইনাক নকশিল্লকনু

ঋুপী

ঐ চৎলে; চৎলবনী—, নকশল্লকনু

ঋুপা+ঋুপী

থরায় তঙথায় অমা তুমলে। ঐ চৎলে।
নং ঐ শন্নবা—য়াদে। নকশিল্লকনু
নকশিল্লকনু—। ঐ চৎলে—।

প্রোঃ

ঐ, ঐ ওইরিব্রা? (হয়াওই) ঐ য়াংলে। লুমখিবরা?
লুমখিবরা? লুমদনা য়াঙবা। লুমদনা য়াংবা লৈব্রা?
মচু য়াব্রা?
করি পোংলুমদি পুথি ঐ? পোংলুম পুরন্বা তাই।
করিদা পুথী—। করি পোংলুম পুথী—?

লাঙগোঈনাঈ

ভুপা+মুপী

( অনিমক পুমতুম তুমলী ) আঃ আঃ

প্রোঃ

নীংশিংলে ( হরাওনা ) ঐ অণাঙবা খোঙচং অমগীদমক শেম শারবনি—। অহুদগীদী ( খৈন্থে )

ঐবু মখোয়না ফাজন্দূনা থমখীবনী। ফাজন্দূনা থম্না নীংশীংলে। তশেংনা ঐ নীংশীংলে—।

প্রোঃ

ছজিক মখোয় কদায় চৎখ্রে ?

মখোয় কদায় চংগ্রবা ? ঈমাংদা··· মীমাংদা, ওম্নমক—

পুম্নমকী মাংদা তুম্না মাংগ্রবা !! (য়েংই লৈনা লৈনা)

মাংখরে (হরাওই)

মাংখরে (হেন্না হরাওই)

মখোয় ওম্নমক মাংনখরে। ( হরাওই, হন্নাওই )

প্রো:

উ: · । হুজিক্তি ওয়্নমক
অমগী মথংদা অমা নীংশংলক্লে - ।
ঐগী খোং—চৎনবা। খুৎ-মীং-য়া-নাতোন --হা - হা হা
হা হা হা ( পেন্না পেন্না নোকই )

প্রো:

নীওশা হোল্লু
হোল্লে।
কপ্পু—ঐ কপ্পু
কপ্লে—।
ফম্বা—ফম্বা, ফম্মু
ফম্লে।
হোল্লে, ফম্লে, নোক্লে, কপ্লে হা—হা—হা—হা

প্রো:

চৎলো—( মখোং থাই ) থাওলো।
খোং থাওবা—
য়েৎ অঙ্গনগী ওই
য়েৎ ওই, য়েৎ ওই, য়েৎ ওই, চৎলো চৎলো।

প্রোঃ

রারে—চংলে—। নাও ফ্রি—নীংতমলে। (পেন্না নোকই)

হুজিক্তি নীং—তমলে

প্রোঃ

নো নো (ও খোংনা কপলী) ঐ মতু য়াদে।

অমুক হনবা, —ঐ অতু পামদে। নো ঐ হনবা পামদে।

[খাংই][য়াদে] ওঃ ওঃ ঐহাক হল্লে, ঐগী কনাস্থু লৈতরে—,

নাও……নাও

হিয়ার ইজ এ পুওর ক্যাপটিভ

নুপা

হুজিক পুং কয়া তারে?

নুপী

হুজিক পুংশিং হৌদরী

নুপা

অতুদী ঙাইবা তাই —। (ফমথৈ)

নুপী

ঙাইবা তাই —।

নুপা

ঐখোয় মমাংদসু ঙাইবতং ওইরকখী

নুপী

ঙাইবনা পুম্নমক্সি ওইহনখিবনি

নুপা

য়াম্বা অতুগা য়ানদবা

নুপী

মতুনা পুমতোপ তোপ্পা রাকম্নী

নুপা

অতুবু মঙাল অহৎতং লাকপা ওইসনু

নুপী

অতুদগী অমুক মর্মখিবা মতুম্ম য়াগনি।

---

  



সাহিত্য একাদেমী এরাড ফংলবা—পাচা

(১৯৭৪)

| | |
|---|---|
| হয়াদ বেগম | ১বা ফোংবা—১৯৬৭ |
| | ২বা ফোংবা—১৯৭৫ |
| না তাথীবা অহল অমা | ১বা ফোংবা— ১৯৬৯ |
| | ২বা ফোংবা—১৯৭১ |
| | ৩বা ( প্রেসতা ) |
| ইম্ফাল অমস্যুং মাগী | |
| ঈশীং চুংশীংকী ফীভম | ১বা ফোংবা—১৯৭২ |
| | ২বা ফোংবা—১৯৭৫ |
| হজ্জ | ১বা ফোংবা—১৯৭১ |
| অনৌবা পাও অমা | ১বা ফোংবা—১৯৭৩ |
| | ২বা ( প্রেসতা ) |
| লম অসিদা ঐবু থংবা | |
| অমজংদী থোরকপা ফৈ। | ১বা ফোংবা - ১৯০৫ |